# নহারোল মীত�ै মরুপকী

## শাসনলোন

**( The Constitution of
The Youth Meetei National Assembly )**

# নহারোল মীতৈ মরুপকী

## শাগৎলোন

**( The Constitution of**
**The Youth Meetei National Assembly )**



# ইম্ফাল নোংপোক নহারোল মীতৈ মরুপকী শমলঙ্গা পুন্সিগী ৱারী।

লাইরিক শাগৎপা / পাংথোকচবা
ইঙো এঃ বিঃ খুমন
শিন্নরেপ্পা,
ইম্ফাল নোংপোক নহারোল
মীতৈ মরুপ, ইম্ফাল।

হিন্দুগী ঊরেদা চহি চা কয়া ইরাক্লহনা লৈরকপগী মতুংদা মীতৈগী অনৌবা য়েক্সিং হুল্লরকয়, অথং-অহে শাজবা মীতৈগী লুচিংবশিং কয়াগী চয়েৎনবা লমজিং মখাদা মীতৈগী ইপোৎ থনদোকচনবগী বাখলবু লম্বুক্লহনবা য়াওদবয় নত্তে। ইরাল থংজল্লক্লহনা ঊপা-ইপুগী শীথুন্ লীচৎ থিজিল্লকপা মতমদা মখোয়গী কাংক্লম ওইনা থোমদংপিক্লনা পুন্সি চুপগী ওবনা লৈখা তাংলবা হোৎনবয় য়াওদবা নত্তে।

মীতৈগী অরিবা লীচৎ ঊনাৎ-পুদিনগী মিংদা চীরোন শাল্লহনা নহারোলবু লায়া লমজিংনবা হোৎনরিবা মীওইশিংগী থাল্লাক্তগী কলহোল্লনা মীতৈ নহারোল্-শিংগী অপুনবা মরুপ অম শেমনবা অমদি ঊপা-ঊপুগী কৈরাক কাঙ্গ্লো ফংননবগী, বাথল অসি মতম কুইনা থম্মরক্লহনা পোইন্থাগী ৩নি পানবা তাং ১০। ৩২। ৬০ ইং নোংমাইজিং হুমিংকী থুংথিল পুং ৫ তাবদা ইবুঙো অয়াম বিধু খুমন খুরাই চীঙ্গাংবম লৈকাই. লাইনিংথৌ হনবগী মখাইকোন্দা লৈবগী য়ুমদা ইবুঙো বাহেংবা খেরো লুরাং, খুরাই নিংথৌবুং লৈকাইদা লৈবনা তাংবল লৌবিল্লনা মীতৈ নহারোলশিংগী মীতিন অম তৌখি অমদি "হৌজিকমক পাংথোক্কবা য়াদ্রবা মীতৈ ম্না লৈবাক্কী থৌরম কয়া" থম-নৈননবা মীতিন অমা পোইন্থগী ১৩নি পানবা তাং ১৭। ১২। ৭ ইং নোংমাইজিং হুমিংকী থুংথিল পুং ১ তাবদা ইবুঙো বাহেংবা খেরো, ওলিগী তাংবল লৌবিরিবগী য়ুমদা কৌ হায়না থৌদাবিখি।

থৌদা অসিগী মতুং ইরা ইবুঙো বাহেংবা মিথুনা তাংবল লৌবিল্লনা মীতিন অসি মপুং ফানা পাংথোকখি। মীতিন অসিদা মরু ওইনা মীত্রেবাক্কী মরমদা কুপনা নৈনরবা মতুংদা "ইম্ফাল নোংপোক নহারোল মীতৈ মরুপ"না শিন-লাংহনা মীত্রেবাক্কী মহুং ১দি মপানগী মীওইশিংগী অচৌবা মীফম (con-ference) অমা পাংথোক্লগা "নহারোল মীতৈ মরুপ" শেমনবগীদমক মথাগী মী-ওইশিং অসিবু মীয়ামনা থনখি।

১। রাজেংবা খেঙ্গো, লুবাং
২। ওইনাম মেঘচন্দ্র
৩। পুন্নাম ইবোবী, খুমন
৪। নিংথৌজম মণী, অণ্ডোম
৫। লাইশ্রম যোগিন্দ্র, খুমন
৬। অয়াম বিধু, খুমন
৭। ঙাশম ইয়াবোৎ, মোইরাং
৮। রাজকুমার নিলমনি, নগাং
৯। মুতুম বীরেন্দ্রকুমার, লুবাং
১০। নিংথৌজম ইবোহল, অণ্ডোম
১১। চিঙাখম কুলেন্দ্র
১২। লাইশ্রিক রেংবম কৃষ্ণমুহন
১৩। খুমনাম নিংথেমজাও
১৪। মাইবম নীলমনি, খুমন
১৫। নৈশাংথেম কুমারজিৎ, খাঙানবা

"ইম্ফাল নোংপোক নহারোল মীতৈ মরুপ" লিংখৎলকপদগী অচৌবা মীকম পুরক্লবা হোৎনরকপদা মথংশিংনা শিন্নরেবগী থৌ পুখিন্নকপশিং অহানবা ইবুঙো লাইশ্রম যোগিন্দ্র, খুমন, খুরাই নিংথৌখুং লৈকাই। মথংদা ইবুঙো মাইবম নীলমনি, খুমন, খুরাই নিংথৌখুং লৈকাই। অহুমশুবদা ইবুঙো অয়াম বিধু, খুমন, খুরাই চিঙাংবম লৈকাই। অহুমমকনা মথংশিংনা থুংশরক্লবা থবক পুমিন্নরকপনা ফেব্রুয়ারী তাং ১৯, ২০, ২১ ছুমিৎ হুমনি চুপনা পাংথোক-লোন্নিবা মীকম অহু লৈবাক্লা থংবিক্লনা মীতৈ ইনাৎপু হুংশিবিবা মীত্রেবাকচা ইবুঙো-ইবেম্মশিংনা ভেংবাংবিবগা লোয়নবা তাং ১৯।২।৭০ ইংদগী হৌক্লনা খুরাই লমংলোং হায় স্কুল লমপাক্তা ছুমিৎ হুমনি চুপনা পাংথোকখি। ইম্ফাল নোংপোক নহারোল মীতৈ মরুপ লৌরকপদগীনা মীকম অসি পাংথোকপা ঙাওবদা অশিনবা লৈহনা ইংঙো রাজেংবা খেঙ্গো লুবাংনা থৌখুরেন ওইবিক্লনা লৈবাক্তাদমক্তা অরাবা শরুক য়াবিন্নকখি। অসুম তৌনা লৈবাক চংনা ছুমিৎ হুমনি চুপ্না থমক্লনা "নহারোল মীতৈ মরুপ" শেমখি, ছুমিৎ অসিদগী ইম্ফাল নোংপোক নহারোল মীতৈ মরুপকী পুন্সিদা চৎথগদবা অমসুং নিংজরকপা পুন্নমক অনৌবা মরুপ অসিদা শিন্নজখি, লৈবাক্লা শেমগ্রিবা মরুপ অসিগী মথাদা মথা কাংলুপ অম ওইনা ইং নোং নং মীং মরুপনা লৈজখি। নৌনা শেমলিবা নহারোল মরুপনা লাইনিংহনগী লমজিং মথাদা মীতৈ ইনাৎপু চাওখৎপা থাক্তা পুখৎ-পিন্নকনি হায়না থাজে লোয়নবা তাইবং শেখীবা মপু ইপুরোইনা লেপনা খৌজানবিক্লনা মালেমদা মীতৈগী মিংচৎ উরোং থিনবা ঙমজবা ওইহনবিয়ু হায়না ইং নোং নং মীতৈ মরুপনা য়াইফরোনবু খোজক্লনা মপু মাগী খুন্না খাদা হন্না হন্না পুনেমজরি। মীতৈ লৈমা ইমানা য়াইফরে, ভেংবান মরুপনা য়াইফরে, শিদবনা য়াইফরে॥

---

# "নহারোল মীতৈ মরুপকী শাগৎলোন"
# (The Constitution of the Youth Meetei National Assembly)

## বাহৌদোক [ Introduction ]

মীত্রৈবাক ( মণিপুর ) কী মনুঙ অমসুং মাংমদা চোইজাইনগ্রব মীতৈচাশিংনা মীতৈ নহারোলশিংগী মরুপ অমা শেমলবদি হৌজিক ওইরিবা খুন্নাই ( Society ) গী ফিভমদা মীতৈ ঈনাৎ ( culture ) মরায় চায়থরকপা, মীতৈ ঈরুপ [ জাতি ] কী ওইবা মহৌশাগী "ঈনাৎ অমা" ( A-Culture ) লৈ হায়বা কাওবা কাওনরকপা, ঈশানা ঈশাবু মশক খঙনরকতবগী ঈপোম অমা হোরকপা ; মীতৈগী খিগৎলোন ( History ) গী য়াওনগী মথাদা ঈনাৎ মাঙহনখ্রিবন-চিংবশিং অসি কোক্লগনি হায়বা খঙনরতুনা "নহারোল মীতৈ মরুপ" ( The Youth Meetei National Assembly ) অসি শেম্বনি।

## চরাপ ময়হৌ [ Preamble ]

লনাই মী [ individual ] হায়বহুনা অমদি ঈরুপ [Nation] হায়বহুনা, লনাই মীশিংনা কাংলুপ অমগী অপুনবা মীংথৈ [ Collective term ] অমতং থাথল অমদা ওইবনা, মালেম লৈখোনববু [ World organisation ] ঈরুপনিঙবগী খোইজংশিংগা পাংদিংননা থমহুনা পুক্নিং ঈহৌশিংবু পোম্বিৎ নাইথা লিংজেল [ Scientific spirit ] নাতৈ [ Reason ] গী মতেংনা লময়ানবা, মায়খোং কয়বগী মরমদা থাওনা থনবা অহুনা মীওয়লুপপু [ Mankind ] [ মানব জাতি ] কয়বগী মরমদনা হেন্না থনবা, মালেম য়াইফনবগী খোইজঙ অমনা মশাই ওয়বা খোয়জঙবু মহুৎ শিনবা, অহুগা থোকলকপা য়াবা কাংখোং চায়বা থিবীকপু নাতৈ হীখোয়া [ যুক্তি বীচার ] থোক্ত তমগদবা য়োকুম অহু তাননা, মালেম হী-য়ায় পুয়মক অহুগী ওাকশেনববু লৈপাক থাগী পানদমবহুনা ফংবা ওমগনি হায়বা লৈপাক নিংথৌগী [ গনতন্ত্র ] মহৌ-ফিভম [ Normal ] ফিদমনিংঙাই [ আদর্শিক ] মওবু মীওইবগী লৈন-মরীশিংগী হৌজিক হৌজিক হিংলিবসিদা কাংলম হুক্না [ Scientifically ] ওনখোক্নবা হায়হুনা, ঈশা চোংথোক্ক অমসু থৌ-মেয়না [ Voluntarily and cooperatively ] থাংঙনাই-পোম্বিংকী লাইশুরোন [ দর্শনিক বৈজ্ঞানিক Wealth and soul ] কৌবা শিন্দম খুমায় [ Educational Sociology ] অহু লৈখোয়বগীদমক মীতৈ নহারোল ঐখোয়না "পীক্নবা থায়নগী লৈপাক অসিবু ভারতকী অশেংবা তম্ফা অমা অমসু মালেমগী অপিকপা লাইরৈবাক অমা" ওয়হননবগীদমক লেমজনা. থারেম্বজয়গা, ইংশোক ১৯৭০ তাং ২১।৫।৭০ ইং কালেন থাবুং শগোলশেন হুমিত্তগী ঐখোয়গী শাগৎ ঈরুপ নহারোল মরুপতা পাম্বৈসিনা থাতেমজৈ [ Adopt ] চৈরাপচৈ [ Enact ] অমসু শাগৎলোন অসি লৌজৈ। তেংবানবনা য়াইফরে।

১। মমিং—লৈখোন (organisation) অসিগী মমিং লেপ্প "নহারোল মীতৈ মরুপ" কৌগনি।

২। শঙ—লৈখোন অসিগী শঙলেম ( Head office ) লেপ্প ইম্ফালদা ওয়গনি।

৩। লৈখোন লমথৈ (Area of organisation):—মীতৈরবাকী মপুং মপালগী মীতৈশিংনা খুন্দারীবা লমশিং লেপ্প ওয়গনি।

৪। (১) মরুপ অসিগী লৈখোন লমথৈগী ফিরেপ মথাগীশিং-সিনা লেপ্প ওয়গনি।

(ক) মীতৈরবাক নোংপোক—উগ্রুল, ফুংয়র ( ফৈসাৎ ), লমলাই, কৈরাও, খুরাই, য়াংথৈ, ইরিনবুং, য়াইরিপোক, তোপ-চিংথা, থৌবাল, চন্দ্রখোং, ককচিং, য়াংজিং অমসুং তেংনৌপালগী লৈথাইশিংদা ( constituency ) লৈবা লমশিং।

(খ) মীতৈরবাক নোংচুপ—লালাম-খুম্বোং, শগোলবন্দ, উরিপোক, ললাম্বুং, তমেংলোং অমসুং আইমোলগী লৈথাইশিংদা লৈবা লমশিং।

(গ) মীতৈরবাক অরাং—শগোলমাং, পুখাও, মাও নোংচুপ, মাও নোংপোক অমসুং সেকমাই লমশাংগী লৈথাইশিংদা লৈবা লমশিং।

(ঘ) মীতৈরবাক খা—শিজমৈ, টৈকসামখোং, জিলোং, য়াওগোই, ময়াং ইম্ফাল, হিয়াংলম-ওয়াং, নম্বোল-কৈনৌ, মোইরাং, লম্বাংদোং, থাজ-কুম্বি, চুরাচান্দপুর অমসুং খানগোলগী লৈথাইশিংদা লৈবা লমশিং।

(ঙ) জিরিবাম, (চ) কাছাড, (ছ) ত্রিপুরা।

(জ) অতৈ লমশিং—আসাম অমসুং ত্রিপুরা নত্তবা মীতৈলৈবাকী য়াংমদা লৈবা মীতৈ তাথা লমশিং।

(২) মরুপ অসিগী লৈখোন লমথৈ ফিরেপশিংগী শঙশিংগী লৈকম ( Location ) মখা মখাগী ভমথং চৈরাপশিংনা (Sub-divisional council ) লেপ্প লেপকনি।

## শরুক ২ ( Part II )

## লময়ামবা পথাপশিং ( Directive Principles )

৫। লৈখোন অসিগী লময়ানবা পথাপশিংদি মথাগীশিং অসিনা লেপ্প ওয়গনি।

(১) মীতৈগী ওয়বা তোপ তোপ্পা ঈনাৎ, লিচৎ, পারী পুরী হৌরক-কয়চিংবা লৈ হায়বসি মালেমদা ভালহনবা।

(২) মীতৈগী চাওখৎ খোঙথাংদা মীতৈগী লাইরোনদগী [Mythology] চৎনরক্লবা ফিভমশিংবু কায়হন্দনা মালেমগী চাওখৎ খোঙথাংগা খুৎশয়না চৎমিন্নবা।

(৩) মীত্রেবাকী মঙ্গুংদা অমস্থ রাংমদা চোইজাইননা ভাপ্রিবা মীতৈ-শিংবু খোমজিনদুনা মায়বা রাখল, লিচৎ, য়ুম্বাল-কৈবালন-চিংবা পুরকপা।

(৪) মতমগী ঈথক-ঈয়াংদা তাউদুনা ইরৈবাকী লিচৎ, ঈনাৎন-চিংবা মাংনবা শীল্লীবা কাংবুবু মায়য়োক্লবা।

(৫) অকিবা কংলবা য়াওন মথাদা মীতৈগী ঈনাৎ, লিচৎনচিংববু নমথখিবা অসিগা লোয়ননা চাওখৎ-খোঙথাংদা অয়েৎপা পয়োন কয়া কয়া খাঙ্গিবশিং শোরু-পয়বা য়াদবনচিংবা অহু হন্দোকপা।

(৬) মীত্রেবাকী মৈ, ঈশিং, মুংশিঙ, মতম শাংনদগী চুনপ্রবা মীওই-শিংবু মীত্রেবাকচানি হায়না মুংশিনবা মরী লৈনপ্রবা অহু ভৎহন্দবা।

(৭) লীচৎকী মীংদা মুংশিনবগী খৌয়ী ভৎনবা হোৎনদুনা খাইবুংনব রাখল [ obscurentism ] পুরকভবা।

## শরুক ৩ ( Part 3 )

### মরূপ অসিগী থৌদাংশিং [ Activities ] :—

১। মীতৈরেবাকী মচুংদা অমসু মপানগী মীতৈ অহারোলশিংনা তাবা মম অমগী য়াইকুং ( Interucted Regional Centre ) হাংবা।

২। মীতিনশিং নত্রগা মীকপশিং নৈন রুশিং ( Thought Sessions ) চৌংমী তম্মীশিংগী খুন্নাইগী অমসু ঈনাংকী চাওখৎ থোক্তখাং পুরককনিংথক লৈথোক্নবা।

৩। চৌংমী-তম্মী মীতৈরেবাকী ( মণিপুরগী ) ফুনালোনশিং ( Folk lores and myths ) লাইথৌরোল ( Retualism ) ( বেদগী কর্ম্ম কাণ্ড ) নচিংবা কাংলম হৃক ( Scientifically ) কুপথিজবা ( Research ) থোমজিনবা।

৪। ওকশং হাংবা ( To open the Research Polit-Bureau of many experts and scholars to the method of the highest conceptualisation of statistics ) ।

৫। মীতৈরেবাকী চৌংমী-তম্মীগী মীতমলোন কুপথি থৌলুপ লিংখৎপা ( To establish the anthropological Research committee for the hill and plain peoples of Meetreibak ]

৬। মীতৈরেবাকী চৌংমী-তম্মীগী খুন্নাই লোননী কুপথি থৌলুপ [The Sociological Research Committee ) লিংখৎপা।

৭। খাইনগী মীতৈরেবাকী শিক্ষম কুপথি থৌলুপ ( The ancient Meetreibak education Research Committee ) লিংখৎপা।

৮। থিগৎলোন কুপথি থৌলুপ ( The historical Research

Committee ) লিংখৎপা।

৯। মীতৈরেবাক্কী চীংমী তম্মী লোনগী কুপথি লৌথুপ ( The linguistic Research Committee ) লিংখৎপা।

১০। মীতৈরেবাক্কী থিগৎলোন লাথম লোইশং ( The historical Bureau ) হাংবা।

১১। মীতৈরেবাক্কী পুকৈলোন কুপথি থৌলুপ ( The economic Research Committee ) লিংখৎপা।

১২। মীতৈলোনগী থাঙ্গেশেংবা রাপুরোন ( ব্যাকরণ ), (Grammar) পুথোক্না স্কুল কলেজনচিংবদা তমহন্নবগীদমক রাপুরোন কুপথি থৌলুপ ( The grammar Research Committee ) লিংখৎপা।

১৩। রাপুরোনগী ( ব্যাকরণ ) মতুংইন্না লোনগৈ-য়াৎ কুপথি থৌলুপ ( The lexicographical Research Committee ) লিংখৎপা।

১৪। চীংমী-তম্মী লীচৎ ওকশঙ ( The Religious Bureau ) লিংখৎপা।

১৫। মীথুংশঙ ( ধর্ম্মশালা ) শম্বা।

১৬। মীয়োক মীচান করবা মীতৈ চীংমী-তম্মীগী অশেংবা খঙনকম ওয়রবা ঈনাৎ লুপতিন True documentary cultural Integration ) মেরা হৌজোংবা, মেরা শন্দুবনচিংবা পুরক্লবগীদমক শিন্দম খুন্নাইলোন কুপথি থৌলুপ ( The Educational sociologico Research Committee ) লিংখৎপা।

১৭। চীংমী-তম্মীগী লাইরোন্দগী চৎনরক্লবা কাওরবা শগোল কাংজৈ, কাংনচিংবা মশান্নশিগী কুপথি থৌলুপ ( The Ancient Meetei games and sports Research Committee ) লিংখৎপা।

১৮। চীংখী-তম্মীগী পুন্সিরুপ লিংখৎপা (To establish the hill and plain literary Association.)
১৯। পোথিৎ-লাইশং (The temple of science) লিংখৎপা।
২০। তেংবানবা শিন্দমশং (University) লিংখৎপা।
২১। মীতৈ ঈনাৎপু ময়েকদা হোংদোক্লবা হোৎনবা।
২২। কুপথি চেক্লোংশিং (Research Journal) হোংবা।
২৩। লাইরিক (Book), লাইরিক মচা (Book-let), (লিফলেট) হোংবা অমসুং মায়বা পন্থুং লৈবা লাংকুশিলগী খুৎশাবা।
২৪। কুপথি থওকপশিং (Research findings) ফিরহনবা।
২৫। লৈপাক্কী অমসুং লৈতাকী মখল-অহৈশিংগা লেপ্পা ময়েকী তংজম-শও লি থৎপা।
২৬। মীতৈলৈমা শেনফু (Meetei National Bank) লিংখৎপা।

## শরুক ৪ (Part IV)

রাথম (Difinition) মথাদা পীরীবা রাহৈশিং অসি অতোপ্পা ওয়-তৈনবা লিখন্দা পুত্রবদি মথাগী অসুমনা খওনগনি।

১। "মরুপ" হায়বদা নহারোল মীতৈ মরুপপু লেপ্পা খওনগনি।
২। "লৈথোল" হায়বদা মরুপ অসিগী লৈথোল (Organisation) লেপ্পা খওনগনি।
৩। শাসনলোন হায়বনা মরুপ অসিগী (Constitution) কু লেপ্পা খওনগনি।
৪। পুরেল (President), ওমথং-পুরেল (Vice-President), শিরেংবা (Gen. Secretary), খোঙলোয় শিরবা (Associate Secretary), লোয় (Member), থৌপুবা (Exe-

cutive Member ), কৈরুংবা ( Treasurer ) হায়বা রাহৈ-শিংনা মথংশিংনা মরূপ অসিগী পুরেল, ওমথং পুরেল, শিরেম্বা, খোওলোয় শিরবা, লোয়, কৈরুংবা লেপ্পা খওনগনি।

## শরুক ৫ [Part V]—পন্দুপ ১

৮। মরূপ অসিগী লৈখোন কিরেপতী ( Organisation set up ) মথাগীশিং অসি ওইগনি।

(১) খ্বাইলুপ ( General Body )।

(২) কৌরুত্তোন চরাপ ( General or Supreme Council ).

(৩) খোয়রদৌপুং ( ময়ায় খৌদাংলুপ ) ( Central Executive Committee ).

(৪) লৈখোন-লমথৈ ওমথং-চরাপ ( Sub-divisional Council ).

(৫) খোংলুপ ( Cell Committee ).

(৬) কৈন রায়েল খৌদালুপ ( Reconciliate Committee ).

(৭) কৈরাক্লীবা খৌদালুপ ( Audating Committee ).

৯। খ্বায়লুপ— মরূপ অসিগী খ্বায়লুপ অমা লৈগনি ( General body )। খ্বায়লুপতি চহি ১৮ শুরবা মশানা মরূপ্তা যাওজবগে হায়রদুনা হৌনবী শেনখাং লুপা ১/- পীরবা অমসু লাহাপ্ন ( Appendix ) অমদা উৎলিবা রাশকলোন লৌরবা অমসু রাশক জাতম চেদা মীংথুরেক খাতুনা পীরবা মীশিংনা লোয় ( সদস্য ) ওইবা য়াগনি। খ্বায়লুপকী মপুঙ্গিদি চহি ৩ ওইগনি।

১০। (১) কৌরুত্তোন চরাপ ( General Council ) অমা লৈগনি। খ্বায়লুপকী মীশক ২০/২০ না য়ারদুনা মীছুং অমবু চৈরাপলোয় ( Council Member ) ওইগনি। চরাপকী মপুঙ্গি চহি ৩ ওইগনি।

(২) থাগৎলবা মীহুৎশিংনা পুল্লগা তোন চরাপ শাগনি।

১১। ওমধং চরাপ—মরুপ অসিগী লৈথোন ওমথৈ, ওমধং চরাপশিং (Sub-divisional Council) লেপ্পা লৈগনি। লৈথোন ফিরেপ খুদিংগী মী ২০/২০ না য়ানহুনা থাগৎলবা মীহুৎশিং অহুমরা কীরেপ মশা মশাগী ওমধং চরাপ অময়ম লেপ্পা লৈগনি। ওমধং চরাপ অসিগী মপুন্সি চহি ৩ ওইগনি।

১২। [১] মরুপ অসিগী খোইদৌবুং (মন্নায় থৌপাংলুপ—Central Executive Committee) অমা লৈগনি। খোইদৌবুং অসিগী মপুন্সি চহি ৩ ওইগনি। খোইদৌবুংগী পুরেন অমা ওমধং পুরেন ২, শীম্নরেম্বা ৩, খোঙলোয় শীম্নবা ৪, কৈরুংবা ৫ থানা থৌপুবা লোয়্ন ২৫ লেপ্পা ওইগনি। থৌপুবা ২৫ অসি তোন-চরাপ্পা য়ানরগা নত্রগা থুং থাঙ্গৎনহুনা নত্রগা অরোনবা মীথন্সনা লেপ্পা থনগনি। মশাগী চহি ৩৫ শুত্রিবা নত্রগা মীওং চাদবা মীওইনা পুরেল ওইবা য়ারোই।

[২] ওমধং-চরাপ খুদিংগী মশা মশাগী থৌপাংলুপ অময়ম লৈগনি। ওমধং চবাপকী থৌপাংলুপ খুদিংগী পুরেল অমা, ওমধং পুরেল ১, শীম্নরেম্বা ১, ওমধং শীম্নবা ১, কৈরুংবা ১, থানা থৌপুবা ১১ লেপ্পা লৈগনি।

[৩] ওমধং চরাপ খুদিংনা য়ানহুনা, য়ানদবা থোক্লগনা থুং থাঙৎ-নহুনা নত্রগা অরোনবা মীথন্সনা মশা মশাগী থৌপুবশিং (Executive member) লেপ্প থনগনি।

১৩। [১] খোঙলুপ (Cell Committee) মরুপ অসিনা লমথৈ (Area) গী মন্থুংদা লৈকাই অমগী নত্রগা ২ গী, নত্রগা ২ দগী হেনবগী খুদোংচাবা মতুংইন্না খোঙলুপ অময়ম শেপ্পা য়াগনি।

[২] খোঙলুপ খুদিংগী শঙপুবা পুরেল ১, শীন্নবা ১, কৈরুংবা ১, খোঙলুপ্পা খনগনি।

[৩] খোঙলুপশিং অদুদি মানা মানা লৈবা লৈখোন লমখৈ ওমধং চন্নাপকী ( Sub-divisional Council ) মিৎয়েংখাদা লৈগনি।

১৪। [১] মীকম— কৌক্রুতোন চন্নাপ অসি য়াম্নক্রবদা চহি ১ গী অমুক্তি লেপ্পা ফমগনি।

[২] থা ৪। ৪ গী মতুংদা মন্নায় থৌপাংলুপ (খোয়দৌবুং) মীফম পাংথোকনি।

[৩] খোয়দৌবুংগী ব্রারেপ লৌবদা য়ানদবা থোক্লবদি মীরেপ অহেনবগী, ব্রারেপ্পা মীকম অদুগী ব্রারেপনী হায়না লেপ্পা লৌগনি।

## শরুক ৫ ( Part V ) পন্দুপ ২

১৫। থৌবাংলম—[ Procedure ].

[১] চহি ৩। ৩ খুদিংগী কাইরেন থাদা অচৌবা খন্ন-নৈনা মীকম অমা তৌগনি। মীকম অসিগী মফম, মতম অমসুং খন্নরম [ Agenda ] লেপ্পা অমসুং মীকম কৌবগী থৌদাংসু খোয়-দৌবুংনা [ মন্নায় থৌবাংলুপ্পা ] লেপ্পা লেপকনি।

[২] অথুবা থৌদাং লাক্লবদি চহি ৩ কাক্রবসু পুরেলনা নক্রগা পুরেলগী য়াথংনা শীন্নরেন্নরা অথন্নবা অচৌবা মীকম [ especial general meeting ] লেপ্পা কৌগনি।

[৩] তঙাইফদবা মীতিন [ Riquisition meeting ] তোন চন্নাপ [ কৌক্রুগী ] মীরেপকী ⅓ না মীংথুয়েক য়াওনা তঙাইফদবা মীতিন কৌনবগীদমক পুরেল্লা কৌবীয় হায়না চে

লানখৎকনি। অদুগী মতুংইন্না পুরেলনা তঙাইফদবা মীতিন অমা লেপ্পা কৌগনি। হায়রীবা মীতিন অসি চ হেক কংবদগী থা ; কাওবা পুরেলনা কৌরবদি থা হেক লানবগা হায়রীবা কৌরুগী ( ভোন চরাপ ) চরাপ লোয় শিং ( Council members ) অহুনা মশা মশাগী মীংথুৎনেক খাওরগা পুরেলগী ঋ অমুক তাদনা তঙাইফদবা মীতিন কৌরবগী পাজল লেপ্পা লৈগনি।

[ক] তঙাইফদ্রবা মীতিন অসি কৌবদা য়াত্তারমীশিং ( Requisitionists ) মশা মশামক কৌরীবা মফমদা মতম চানা লেপ্পা লৈগনি।

[খ] মীতিন অসি কৌবা মতমদা তৌগদবা মফম মতম ময়েক শেংনা পনগনি। করিগুম্বা পনখ্রিবা মফম অমসু মতম অহু খেল্লবদি মীতিন অহু য়াওবা য়াদ্রে হায়না লেপ্পা লৌগনি।

[গ] মীতিন অহু কৌননবগী খন্নরম ময়েক শেংনা য়াওগনি অমসু মীতিন কৌননবগী খন্নরম অহুগী বাংমদা খন্নবা য়ারোই। করিগুম্বা মরম অমদগী মীতিন অহু পাংথোকপা য়াথিদবা থোক্লবদি খন্নরম অহুগীদমক তুংদা অহুগুম্বা মীতিন কৌবা য়ারোই।

[ঘ] মীরেপ অহেনবনা মীতিন অহুগী বারেপনি হায়না লৌগনি।

## পন্দুপ ৩

[৪] পুরেলগী মথৌ অমসু মতম :—

(১) খোঙলুপগী ( Cell or Pulsar Committee ) খোয়দৌবুং ( ময়ায় থোপাংলুপ ) ( Central Executive Committee ) ফাওবগী মফুংদা লৈরীবা মীওয়শিংগী মফুংদা পুরেলনা খাইদগী ইকাই খুম্নবা কমথোক্সী হায়না লেপ্পা লৌগনি।

ময়ম অহুমনা খোঃ থৌপাল্লুপ্তগী ( cell executive committee ) খোয়দৌবুং কাওবগী মতুংদা তৌবা মীতিন মতুংদা পুরেলনা লেপ্পা তাংবল ( chair ) লৌগনি। তৌইগুম্বসুং অচৌবা মীকমদদি ( conference ) মীকমগী মীয়েপ্পা তাংবল লৌন্নবগী মী থনগনি।

(২) করিগুম্বা মীকম অমদা য়ারেপ লৌবদা মীরেপ মায়নবদি পুরেলনা তোংবা মাইগেগী য়ারেপ্পা য়ায়নবনি লেপ্পা লৌগনি।

(৩) পুরেলগী পুন্সিদি তোকখিবা নত্রগা লৌথোকখিবা লৈত্র-বদি চহি ৩ লেপ্পা ওয়গনি।

(৪) পুরেলনা ময়ায় থৌপাংলুপকী য়া য়াওদনা লুপা ১০০/- [ চামা ] কাওবা শীজিন্নবগী পাঙ্গল লেপ্পা লৈগনি অমসুং শীজিন্নখ্রিবা শেল অদু মথংগী হেক থংনবা মীতিন্দা লেপ্পা পুথোক্কনি ।

(৫) পুং ২৪ মতম পীরগা অথুবা মীতিন অমা কৌনবগী পাঙ্গল পুরেলদা লেপ্পা লৈগনি।

(৬) শীয়রেম্বা তোকখিবা নত্রগা লৌথোকখিবা খোক্লবদি শীয়রেম্বা অমা হাপথ্রিকাওবা পুরেলনা শীয়রেম্বগী থৌদা পাংথোক্কনি নত্রগা খোঙলোয় শীয়বা ( Associate Secretary ) অমদা থৌদা পাংথোক্লবা পাঙ্গল লেপ্পা পীগনি।

(৭) মরুপ অসিগী থৌশিন্দা তশেংনা কায়গনি থনবা মীওয় ৩ দগী হেন্দনা পুরেলনা খোয়দৌবুংগী থৌপুবা ওয়না হাপ-চিনবা ওম্বগী পাঙ্গল লৈগনি।

## পন্দুপ ৪

১৭। ভমথং-পুরেলগী ( Vice-President ) মথৌ অমসুং মঙম মথাগী-শিং অসি ওইগনি :—

(১) পুরেলগী হেক মথংদা ওমধং পুরেলদা য়াউদগী ইক্লাই খুমকম ফমথোক্লি হাক্লনা লৌগনি।

(২) পুরেলনা করিগুম্বা মরম অমগী মহাকি থোদাংদু পাংথোকপা ওমরবদি ওমধং পুরেলনা পুরেলগী থৌদাং পাংথোকনি।

(৩) করিগুম্বা মীকম অমসু মীতিন্দা পুরেলসু, ওমধং পুরেলসু লাক্তবা থোক্লবদি মীকম অমসু মীতিন অহুগী মীরেপ্পা য়াম্বা মাশক অহুনা মীকম অমসু মীতিন অহুগী তাংবল লৌবা।

(৪) করিগুম্বা পুরেলনা ভোকখিবা নত্রগা লৌথোকখিবা থোক্লবদি পুরেল অমা খনত্রিবা কাওবা ওমধং পুরেল মানা ওয়রীবা ফম অহুগী মওালনা পুরেল ওয়না থৌদা পাংথোক্লনি।

(৫) চুম্বী খোঙচঙ্গা ওমধং পুরেলনা ভোকখিবা নত্রগা লৌথোকখিবা লৈত্রবদি ওমধং পুরেলগী মপুন্সি চহি ৩ ওয়বা।

## পন্দুপ ৫

১৮। (১) শীয়রেপ্পগী মথৌ অমসু মওমদি মখাগী শিং অসি লেপ্পা ওয়গনি।

(ক) খোয়দৌবুংগী (ময়ায় থোপাংলুপ) মীতিন কৌবা।

(খ) মরুপ অসিগী শেন শুবা (To maintain the a/c of this association.)

(গ) খোয়দৌবুংগী য়া য়াওদনা অথুবা মরম অমগীদমক লুপা ৫০/- ফাওবা শীজিন্নবা ওম্বা, অহুগা লুপা ১০০/- ফাওবা শীজিন্নবগী থৌরম লাক্লবদি পুরেলদগী য়াথং লৌবা।

লুপা ১০০/- দগী হেন্না শীজিন্নবগী পাক্লদি খোয়দৌবুঙ্গা লেপ্পা লৈগনি।

(ঘ) ভোন ওরাপ শীজিন্দা মরুপকী চহিগী চাপা চাদিং লেপ্পা পাংথোকপা।

(ঙ) চহিগী খোঙচত্তা তোকখিবা নত্রগা লৌথোকখিবা লৈত্রবদি শীন্নরেন্বগী মপুন্সি চহি ৩ ( অহুম ) ওইগনি।

(চ) মরুপকী চাওখৎ-খোঙথাংগী থৌদাং পুবা।

(ছ) খোঙলোয় শীন্নবশিংন্না মানা মানা পুরীবা থৌদা য়েংশিনবা অমসু লমজিংবা।

## পন্দুপ ৬

১৯। খোঙলোই শিন্নবগী ( Associate Secretary ) মথৌ অমসু মওমদি মথাগীশিং অসিনা লেপ্পা ওন্নগনি।

(১) খোয়দৌবুংনা শীবা থৌদাংশিং অহু পাংথোকপা।

(২) শীন্নরেন্বনা লৈতবা নত্রগা থৌদাং পাংথোকপা ওমদবা মতমদা মাগী মাগী মথৌগী মথক্তা শীন্নরেন্বনা শীন্নরন্বা খোঙলোয় শীন্নবশিং অমনা শীন্নরেন্বগী থৌদা পাংথোকপা।

(৩) শীন্নরেন্বনা তোকখিবা নত্রগা লৌথোকখিবা থোক্রবদি শীন্নরেন্বগী থৌদা পাংথোক্লীবা শীন্নবা অহুনা শীন্নরেন্বা অমা খন্নিবা ফাওবা শীন্নরেন্বগী থৌদা পাংথোকপা।

(৪) চুম্নগী খোঙচত্তা খোঙলোয় শীন্নবশিংগী পুন্সিদি চহি ৩ লেপ্পা ওইগনি।

## পন্দুপ ৭

২০। কৈরুংবগী মথৌ অমসু মওম :—

(১) মরুপ অসিগী ফংলকপা শেল অমসু পোৎশকশিং থম্বা। তৌটগুমসু পোৎশকশিং নত্তনা শেলশিং অহুদি খোয়দৌবুংনা য়ারবা শেনফু ( Bank ) অমদা থমগনি।

## পন্দুপ ৮

২১। (১) লৈথোন অসিগী খোয়দৌবুংগী ভমধং থৌপাং লুপশিংগী কৈরাকপা ( auditor ) অময়ম লেপ্পা হাপকনি।

(২) ভমধং-চয়াপক্কী কৈরাকপশিংদি খোয়দৌবুং কৈরাকপগী মখাদা লৈগনি। ময়ম অদুনা ভমধং-চয়াপক্কী কৈরাকপশিং খোয়দৌবুং কৈরাকপগী য়াকা য়েংনা অমদি য়াথং ভাক্ল থবক তৌগনি।

## পন্দুপ ৯

২২। কৈরাকপগী মথৌ অমসু মতম:—

(১) কৈরাকপশিংআ চহি খুদিংগী রাকচিং থাদা লেপ্পা কৈরাক্লনি। অদুগা কৈরাক্লবা পাউখোমশিং ( Auditor Reports ) অদু পুরেলদা কৈরাকপা হেক লোয়রবগা অমসু অচৌবা মীতিন ফমদ্রিভৈগী মমাংদা লেপ্পা লানথংকনি।

(২) ময়াম্ন থৌপাংলুপ অমসু ভমধং-থৌপাংলুপশিংগী কৈরাকপনা কৈরাক্লবা চে চাংনচিংবা পুথোক্লবা হুমিৎ ৭নিগী মতম পীভুনা অইবা চে লেপ্পা পীগনি।

(৩) অদুগা খোয়দৌবুং অমসু ভমধং থৌপাংলুপশিংনা চে অদু হেক ফংবা হুমিৎ ৭নিগী মনুংদা কৈরাকপনা কৈরাক্লবগী-দমক চে চাংনচিংবা লেপ্পা পীগনি।

(৪) কৈরাকপগী মতমদি কৈরাকপনা লেপকনি অদুগা মফমদি মশা মশাগী শঙ ( office ) দা লেপ্পা ওইগনি।

## পন্দুপ ১০

২৩। ভমধং চয়াপশিংগী ( Sub-divisional Councils ) মথৌ মতমদি মখাগীশি লেপ্পা ওইগনি।

মরুপ অসিগী লৈথোক্ন লমথৈ ভমধং-চরাপশিংগী পুরেল ১, ভমধং-পুরেল ১, শীয়রেম্বা ১, ভমধং-শীয়রেম্বা ১, কৈরাকপা ১ লৈগনি অমসুং মথোয়গী মথৌ অমসু মওমদি মাগী মাগী লমথৈ ফিরেপ্তা খোয়দৌবুংদা পুরেল, ভমধং-পুরেল, শীয়রেম্বা অমদি কৈরুংবগী লৈরীবা মথৌ অমসু মওম অরুমক লেপ্পা ওইগনি।

## শরুক ৬ ( Part VI )

### পন্দুপ ১

২৪। মীকম নত্রগা মীতিন কৌবদা পীগদবা মতমশিংদি মথাগীসি লেপ্পা ওয়গনি।

[১] ত্তোন-চরাপ অমা কৌগে হায়রবদি তশেংবা থা ১ গী মতম পীবা।

[২] খোয়দৌঘুং ( ময়ায় থৌপাংলুপ ) কী মীতিন অমা কৌগে হায়রবদি তশেংবা ত্থুমিৎ ৭নিগী মতম পীবা।

[৩] কৌক্রগী ত্তোন-চরাপ তওইকদবা মীতিন-লাক্রবদি ত্থুমিৎ ১৫ নিগী মতম পীবা।

(৪) লাই খুনদিন লালুপ ( Perfected adjustment between the solar and lunar years in this small centre called Koroupung mayol ( in our solar system ) in this vast cosmo. ) তিনবা হাক্রবদি অচৌবা মীকম ( conference ) কৌবদা থা ২ গী মতম পীবা।

### পন্দুপ ২

২৫। কৈম-রায়েল খোদালুপ (Reconciliation Commission):--

[১] মরুপ অসিগী মথুংদা থৌ পুবশিংগী মরক্তা নত্রগা খৌ-পুবশিং অমসু মরুপ অসিগী মীওইগী মরক্তা রাপু খেন্নবা

চখোক্লবদি অদানবা মতমদা কৈনবায়েল্লকীদমক কাংলুপ অনিমক্ক ম্নানবা অমদা লেপ্পা লৈপ্পগনি।

[২] কৈন রায়েলনবা লাম্যোকক্লিবৈদা শাগৎলোন্না ( constitution ) পীরীবা পথাপকী মতুংইন্না থবক চথরবদি, চথরিবা থবক অদু শাগৎলোনগী মায়য়োক্না চথরকপা থবক্তি হায়না লেপ্পা লৌগনি।

[৩] কৈন রায়েল্লীবা মী অদুনা পীরকলীবা তাইশন্ন রা (Award) অদুনা পেন্দ্রবদি শাগৎলোন অসিনা পীবীবা পথাপ অদুগী মতুং-ইন্না থবক চথবদা অকাইবা লৈরোই।

## পন্দুপ ৩

২৬। পুঁগৈ ( FUND ).

মরুপ অসিগী পুঁগৈদি ( Fund ) মখাদা পীরীবা শেলফমশিং ( sources of income ) অসিদগী লেপ্পা ওয়গনি।

[১] মরুপ অসিদা রাওরবা মীশকশিংগী মীংজল শেল ( Admission Fee ).

[২] লৈথোল লমখৈশিংদগী পীখৎলকপা শেল।

[৩] লৈভাক্তগী ( Govt. ) ফংলকপা শেল।

[৪] নাক-খেংবদগী ( Donation ) ফংলকপা নত্রগা কনাগুম্বনা পীরকপা শেল অমম্ন পোৎ চৈ।

[৫] অতৈ অতৈদগী লাকপা শেলশিং অমম্ন পোৎ চৈ।

২৭। মরুপ অসিগী থমখিবা ( Deposited ) শেল অদু খোয়দৌবুংগী পুরেল, শীন্নরেন্বা অমম্ন কৈরুংবা অহুমগী মতুংদা অনিগী মীং খুদয়ক রাওবগা লেপ্পা লৌখোক্নি।

২৮। লোয়শংশিংগী শেলথুং :—

[১] খোঙলুপ্পা ফংলকপা শেলশিং অমম্ন পোৎ-চৈশিং অদুগী ২৫%

দি থোঙলুপ লোয়শংশিংগী থাকনি অমম্ভু অয়েক্পা শেলনা লৈথোন লমথৈগী ওমথং-চক্লাপতা লাম্মোক্লনি।

[২] লৈথোন লমথৈশিংদগী ওমথং-চরাপ্পা কংলকপা শেলশিং অমম্ভু পোৎ-চৈশিং অহুগী ৩৩⅓% থাকহৌরগা অয়েক্পা শেলশিং অম্ভু তোন চরাপ্তা লানথৎকনি।

## শরুক ৭ ( Part 7 )

### পন্দুপ ১

২৯। "লোয় অমম্ভু থোৌপুবা তাকপা ( Cessation of Membership )".

লোয় ওয়বা তোকপগীদি মথাগীশিং অসি ওয়গনি।

[১] কনাগুম্বা লোয় ( member ) অমনা তোক্কে হায়না মীং খুয়েক পীদুনা পীরবা নত্রগা মহাকপু তাম্মোক্লবা।

(ক) থোৌপাংলুপ্পা লোয় অহুনা মরুপ অসিদগী তোকনিংলিবহুগী মরম কুপ্পা থিজিনগনি। য়ারিবমথৈ মহাকপু মরুপ অসিদগী তোকখিদনবা হোৎনগনি। লোয় মশামক্লা মরুপ অসিদা সুকয়াও য়াওজররোই হায়রবদি থোৌপাংলুপ্পা মাগী নিংবা অদু থুংহনগনি।

[২] কনাগুম্বা থোৌপুবা অমনা থংন-থংন মীতিন অহুমলক লাকত্রবদি থোৌপাংলুপতগী তোকলে হায়না লৌবা।

[৩] কনাগুম্বা লোয় অমনা মরুপ অসিগী পথাপ থুগাইজ্রি হায়না লৌবা য়াবা থবক তৌরবা অমম্ভু লোয়দু তাম্মোকখিবনা মরুপ অসিগী য়াইফগনি হায়না খল্লবদি মরুপ অসিদগী তাম্মোকপা।

## পন্দুপ ২

৩০। শাগৎলোন শেমদোক শেমজিন :—

[১] খ্বায়দুপকী অচৌবা মীফমদা নত্রগা অথবরবা মীফমদা (Special Conference) তিল্লীবা মীফমশিংগী ১/৩ না শাগৎলোন শেমদোক শেমজিন ভৎপী পাঙ্গল লৈগনি।

[২] শাগৎলোনগী পথাপ শেমদোক শেমজিন তৌনিংজিবা মতাং অহু করম তৌনা নত্রগা করম্বা মওংদা শেমদোক শেমজিন তৌনিংজিবনো হায়বগী মরম পীহুনা অইবা চে শেমদোক শেমজিন তৌনিংজিবা অমসু শেমদোক শেমজিন তৌবদা য়াম্নিংবা মী অমগী মশা মশাগী মীং থুয়েক য়াওনা পীদ্ররেম্বদা পীগনি। পীদ্ররেম্বনা চে হেক ফংবগা পুবেলগা তান্নরগা অথবরবা থোপাংলুপ মীতিন (special executive meeting) অমা হিরম অহুগী মরীদা কৌহুনা অথবরবা মীফমমীদমক থরবা য়াগনি।

(ক) অথরবা অচৌবা মীফম অহু কৌগ্রিতৈগী মমাংদা শেমদোক শেমজিন তৌনিংজিবা পীরকজিবা চে অহু খোয়দৌবুংগী হেক থংনবা মীতিন অমদা পুথোক্নি।

[৩] ময়াম্ন থোপাংলুপ্পা থরবা মতুংদা শেমদোক শেমজিনবা অহু থোযনা কাম্নরোই হায়না লৌরবদি শেমদোক শেমজিন তৌবগী অচৌবা মীফম কৌহন্দবগী পাঙ্গল লৈগনি।



# লাহাপ ( Appendix )

## —ঃ রাশক লোবা ঃ—

১। অরাংবা হৌনলোন পথাপশিং ( High moral Principles ) অমসু অহুগী মপাম হীংননবা থৌনা চাওখৎনবা অমদি খঙঙমজবা আঃ তুং ফাওবা ঈরৈবাকী অমসু মালেমগী থৌগল ঈখৌ লাং-ননবগীদমক তেংবানবনা য়াম্নবা অহল মওম ( গুরু দায়িত্ব ) [ sense of absolute responsibility ] লৌবা ঙমহৌন-বগীদমক মথাগী রাশকশিংসি লেপ্পা শকনি ঃ—

(১) ঐহাক মীতৈনি, মীতৈ ঈনাৎ ঙাক্ল চৎচগনি।

(২) ঐহাক মীতৈ লৈচৎপু মফম থুদিং শম্নবা হোৎনজগনি।

(৩) ঐহাক মীকুপ থুদিংগী মীতৈ ঈপা ঈপুগী অরাংবা রাখল থৌনা অমদি রাংঙুরোন ( দর্শন শাস্ত্র ) ঙাক্ল চৎচগনি।

(৪) ঐহাক মানা মানা থাজবা লৈচৎ ( ধর্ম্ম ) অম্লেৎপা পীজরোই।

(৫) ঐহাক পুন্সিদা ঈমা ঈপাবু মীৎনা উবা লাইনি খজগনি অমদি ঈথক থোংবা অহলশিংদা ঈকাইখুম্নবা উৎচগনি।

(৬) ঐহাক মীগী মপোৎনা ঈরল শাবা রাখল থাদোকচগনি অমদি ঈপোৎ শেমগৎ শাগৎচহ্নুনা মালেমগী চাওথৎ থোঙথাংগা য়াম্নবা হোৎনজগনি। ( To give up the parasitical habit and to bring a comparative study and comparative interpretation of my culture in the universal international platform. ).

(৭) ঐহাক্ল ঈরৈবাকী ঈকাইখুম্নবা ঙাক্তুনা অতোপ্পা ঈরুপ্‌কা মীমান্নবা হোৎনবদা ঙমজবা কথোকচগনি।

(৮) ঐহাক্ল মতম পুম্বদা তোঙাল রাখল অমদি ঐগী মীগী থায়হুনা অতোপগী কত্তনবা ঙাংজরোই।

(৯) ঐনা ঈশাবু অমদি ঈরৈবাকপু য়ূম্না খঙনবা হোৎনজগনি। ( To endeavour to realise the individual and the nation. )

(১০) ঐহাক্না য়ুমলোন কৈরোম্নবু ঈশামক্নী থঙ্গগনি।

(১১) অতোপ্পগী মুপীবু ইমামক্নী থঙ্গগনি অমদি ইথাথাবশিংবু অরানবা লম্বীদা লমজীংজরোই। ( To develop high moral Principles and the courage to live by them and to practice the belief that the welfare of children is of primary importance. )

(১২) ঐহাক্ন চোয়জান্নবা মীতৈ লৈরাংশিংবু থোমজিন্দুনা পরেং চানা লেংশিন্নবা হোৎনজগনি।

(১৩) ঈরৈবাক্কী মীয়ামগী অমদি নহারোল মীতৈ মরূপকী অককা লম্বীদা কায়গদবা করিগুম্বা মথলগী কাংলুপ অমত্তা য়াওজরোই।

(১৪) ঐনা নহারোল মীতৈ মরূপকী অমদি ঈকায়খুম্নমম থোকপা ঈথক থোংবশিংগী মরম চাবা পাউতাক অমসু য়াথং য়াখলনা অমদি থবক্না ইঙ্গগনি।

শাগৎলোন ( Constitution ) শেম্বা মীশিংগী পাওথোম :—

কেঃ তাং ১৯, ২০, ২১, ৭০ ইং মুমিৎ হুমনি চুপ্না থুরাই লমলোং হাইস্কুল লমপাক্তা তৌখিবা মীয়ামগী ওইবা অচৌবা থম নৈনা মীকপ্পা তাং ২১, ২, ৭০ ইংদা তাখিবা য়ায়েপ নং ৩ শুবনা মথাগী মীওইশিং অসিবু নহারোল মীতৈ ঈরূপকী শাগৎলোন শেম্নবগী থৌদা পীখি।

মীশিং :—

(১) গৌরচন্দ্র রায় ( Advocate Chairman )
(২) নিংথৌখম মণি ( Convenor )
(৩) সোয়াম বলহারী ( ,, )
(৪) পুয়াম যুগোল ( Joint Convenor )
(৫) ওাইরালৰম ইবোসিং ( Member )

শাগৎলোন অসি শেম শাবদা থুদোং চাদবা মরম্না ওাইরাংবম ইবোসিংদি লাকখিদবা মরম্না লেমহৌবা মী মরিনা শাগৎলোন অসি শেম শাবগী মওম লৌবা তাখি। শাগৎলোন অসি শেম্বদা হায়রীবা মী মরীগী য়াপু অমতা ওইখি।

---

